# ডাক্তর লৈরেন নিংশিং খুদোল



ফোংদোকচবা

শ্রী নিংথৌজম বিনয়

তাং ৮ —১০ - ৯৪ ইং মেরাগী মরিনি পানবা।

( নিংশিং খূদোল )

ঁডাক্তর লৈরেনগী নিংশিং
থোরমগা মপি লৈননা মহাক্কী
মচা—মণ্ডশিংনা কুমওন চহী
খুদিংগী ঙমজবা হৈ লৈ
ঙমজবা ওইনা অহানবা শরুক্তা
ঁডাক্তর মশানা মীতৈ
সমাজ অসিদা করম্বা থোদাং
লোহ্নবা তৌরকখিবা অমসুং
লমদম অসিদা পোকচহ্নবা
মমাগী সেবা মতোন লোমখিবগী
অবা নুঙাই ৱারী মতেক অমা
ফোংদোকচরি ।

ঁডাক্তর লৈরেনগী
মচা মণ্ডশিং

# ডাক্তর লৈরেন সিংহ

ডাক্তর লৈরেন সিংহ কৌবা মীওই অসি, শাকাব্দ ১৮৫১ ( খ্রঃ ১৮৯৩ ) শুবদা ইম্ফাল সহরগী মনুংদা, মীতৈগী নিংথৌজম শাগৈদা পোকখি। অংপোকপা পম্বৌ নৌনা নোঙ্গাখিহনা অংপোকপী পলেম্মা পুরগা মমাপোকপা মবুবোক্কী য়ুমদা লাইরেল-লাকপমদা য়োকখি। চহি মন্থং মতম ফাররুবা তাঞ্জদা লাইরিক লাইশু তমখৎপা হৌখি। নিম্ন প্রাইমারীদগী হায়স্কুল লোইবা ফাওবা মতম অহুদা থাইনা মীশক খংবা ছাত্র অমা ওইবা ঙমখিং; অমম্নুং কুম অমতা নাম্বোকহনবা তৌদনা বৃত্তি ( scholarship ) লৌবা ঙমখি। শান্নবা য়াম্না পামজহনা স্পোর্টসমেন অমা ওইবা ঙমখি। মেডল ফংখি। হোকি ফুটবলনচিংবা মমান্নবদগী হনথদনা শান্নখি; অমস্নুং মীয়ামদা মশক খংহনবা ঙমখি।

হায়স্কুল কোর্শ লোইরবা মতুংদা, য়ুমগী অবস্থা ফত্তবা মরম্না অমস্নুং মমা পোকপা মবুবোক নোঙ্গাখিবদগী খুদোংচাদবা মরম কয়া থোক্লক্লুনা জেনেরেল লাইন থাদোক্লুনা, ষ্টেট গভর্ণ-মেণ্টকী স্কোলারসিপ নিরগা, আসামগী ডিব্রুগড় সহরদা মেদিক্যাল তম্বা চংলি। মতম অদো খৃষ্টাব্দ ১৯১৩ নি। তাঙ্গা অহুমক্কদা অসামদা আবরগী লাল তৌনৈ অহুগা ইউরোপ্তা গ্রেট-ব্রার হায়রগা খংনবা জর্ম্মনগী লাল হায়বহু খৃঃ ১৯১৪-১৫ দা থোকখি। ডাক্তর পাস তৌরহনা, মহাক মশামক্কা ভলন্টিয়ার ওইনা লাল চংচগে

হায়না আসাম গভর্ণমেণ্টতা দরখাস্ত থাবনা, ভারতকী কারাচি বন্দরদা গারো লেবর কোবগা চৎখিন্নবা শেম শাহুনা লৈখি।

লালকম অসিদা মনিপুর মহারাজ স্বর্গীয় সার চুড়াচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই; সি, বি, ই,গী লালমী ( মীতৈ সিপাই ) কাংলুপ অহুমথক লাল য়াওখি। অহানবা কাংলুপ অহুবুনা মিষ্টর ব্লেকিনা লুচিংহুনা টর্কিগী লালফমদা মেসোপটমিয়াদা লৈখি। অনিশুবা দলনা নিংথৌজমগী স্বর্গীয় গুলাপ সিংহ সুবেদার মেজরনা লুচিংহুনা লাল চংগদৌবগী শেম শাহুনা লেন্স দাউণ্ডদা ( lands down ) লৈখি। অহুমশুবা পার্টিনা আসামগী সদিযাদা ট্রেনিং তৌহুনা লৈ। মাসিগী লালফমদা তাংখুল ডাকুনা শেখা লেবর কোর অমা কর্নেল কোলনা লুচিংহুনা লালগী থবক তৌখি। পারটি অসি লাল লোইরবা মতুংদা বিলাত তান্না পুবিহুনা লণ্ডন সহর উহনখি অমসুং মখোক ওইবা থবগা বিলাত মহারাজগা উনবগী খুদোং চাবা পিবিখি।

King George (v)গী পাওজল — "নখোয়না তুমিৎ ২ হেন্না নয়ুম থাদোকুনা লংফৈ চৎনদে; অহুবু নয়ুম থাদোকুনা মাইল ২০০০ সমুদ্র লান্না লাকুনা লাল য়াওররে। ঙসিগী তুমিৎগী শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহবু মহারাজা কায়বা পদবী অসি পিরবনি। নখোয়গী লৈবাক্ৎদমক্তা ব্রিতিশ জাতিশিংগী থম্মোই অমসুং থরাই কচ্ছগনি অশোই অণ্ডাম লৈতনা নয়ুম য়ৌনবা ঈশ্বরদা নিজরি" অসিনচিংবা ···· ····। আসামগী লালফমদসু মনিপুরদগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌনবা মী মরাং কাইনা মনিপুরদগী মী থাখি।

জর্মনগী লাল কন্না থেংনরিভৈগী মতম অত্তুদা মনিপুরগী চিং পুন্নমক্তা কুকি ( খোংজাই ) লাল হৌরক্লে। মদিবু বৃতিস গভর্নমেণ্টকী রেকোর্ডতা কুকি পিউনিতিভ মেজর ( kuki punitive measure ) হায়বদি খোংজাই লাল হায়রগা খংনৈ।

লাল অসি কবি কবম তৌনারকপনো হায়বত্তু হাইফেং উৎলমকম থোকই। জর্মনগী লাকজাউ অসিদা অনিশুবা লেবর কোর অমা খোংজাই ত্তাকনা শেনত্তুনা থাগদোবগী লাকনবকপদা নিঙাই তৌরক্তুনা থোকখিবনি। আসামগী ডাক্তর অয়াম্বা লালদা ফাখিবা মরমদগী, খোংজাই লালদা চংপিনবা ডাক্তর রাংপা মরমদগী ডাক্তর লৈরেন সিংহবু পুরক্তুনা খোংজাই লানগীদমক মরিশুবা আসাম রাইফলদা পুরক্তুনা লাল যাওবরে। ডাক্তর অসিগী মবিদা কলম কসাম্বাবগী মত ... ... From M C. Coote O.C. no. 1 column dated the 6th June 1918 Lairen Singh (Manipuri) has been Doctor babu with no. 1 column Assam Rifles ... ... He was the senior M O. with column and very often had no compounder to help him owing to later being sick. He has tried very hard & done his best the whole time with the column. Never sick and cool collected under fire. লানকম অসিদা সার চুড়াচান্দ সিংহসু সিপাই পুত্তুনা লাল চংই। হৌজিক চুড়াচান্দপুর কৌরিবা মফম অসিদা লাল তৌনৈ। মরম অসিদগী হান্না কৌরম্বা মমিং হোংদোক্তুনা চুড়াচান্দপুর হায়না থোনখি।

কৰ্ম্মনগী লাল সন্ধি তৌহনা তাইশিন্নখ্রে। অসোমদগী খোংজাই লাল, মকোক ওইবা অপুম্বা ফাহনা লাল লোইশিল্লে। লাল অসি লোইরবা মতুংদা ডাক্তর অসিবু কোইচং চংপা ডিসপেন্সরী অমা লিংখৎলগা, মহুগা লোয়নবা মনিপুরগী চিংতম অনিমক স্থপনা থুম খল চংহনা ডাক্তরগী হিদাক অসিগী মগুন উত্তৃনা, হিদাক অসি পামহন্নবা লাকনহনখি; মরমদি মনিপুরগী প্রজানা হিদাক অসি চাউ অমম্বুং শিজিন্নো হায়বা য়াবমদে। থবক অসি অসামগী ইন্সপেক্টর জেনেরেল ওক সিভিল হোসপিতাল এণ্ড প্রিজন কর্নেল বানার্ট-ভালানা তাকপা হুকুম মতুংইন্না তৌবনি। থবক অসি পাংথোকপা লোইবকলবদা, মনিপুর ষ্টেট অসিগী শাসন অসি চাংগা থরা নকশিন্নবা চুমই হায়হনা সব ডিভিজন অহুম লিংখৎলি। উখ্রুল লোমদা অমা, চুডাচান্দপুরদা অমা অহুগা তমেংলোংদা অমা অসিনি। তমেংলোং সবডিভিসনদা ডাক্তর লৈরেন সিংহগী শরুক তারে। মকম অহুদা লৈবা মতমদা এস, ডি, ও, ওইরিবা ডাব্লউ সো, এ, সি, এমগী মত তমেংলোং ৩১-১-১৯২৩ ইং State Doctor Lairen Singh has worked in charge of the Medical Department of this subdivision for one year and five months to my satisfaction. I wish him every succes in the future.

তমেংলোংদগী তম্পাক্তা হল্লকুগা লালগী মরিদা সনাগী মেডল অমম্বু লুপাগী মেডল ফংখি। সেনাপতি শ্রীচুমত্র সিংহস্থ রাজা উপাধি ফংই মতম থরা ডাক্তর অসি মনিপুরগী জেল অমসুং পুলিশ হোসপিতালগী ইন চার্জদা লৈরে। অহুদগী স্নাকোম্বুংদা

পেলেশ ফিজিসিয়ান ওই অমস্তুং সেনাপতি রাজা চুমত্র সিংহগী থাজবা ফিজিসিয়ান ওইবা ঙমখি।

মরম খরদগী ডাক্তর লৈরেন সিংহ মবুক ওল্লকলে। মহাক অসি লাইরনা হৌরকই। মতম পুম্নমক্তা মীগী অয়াবসি য়েংবা হৈনদে, করম তৌরগা কোকদগে হায়বসি, করিমত্তা তৌজবা ঙমদ্রবস্থ খনবদি তোক্লে। অচৌবনা মচাদা ওৎপা, ইনাক থুনবনা লাইরববু উংশিং থৌওইবিদবা, অসি টরগা খাংবা ঙমদে। মতম অতুদগী প্রজাগী লাকইবা ইনকমগা চানদবা সমাজগী চৎনবীনা পুন্দুনা নমন্থনা তৌদবা য়াদবা ফীবম তাহন্দুনা খরচ তৌবদগী লাইরবা ফাবমদগী হৌগৎপা য়াদবা মওংদা লৈহল্লিবা পুম্নমক অসি চুমথোকনিংলমই। মরম কয়ানা মাবু নকরি তোকহল্লিংলে। মবুক অতু থিংবা ঙমদত্থনা রিজাইন তৌরে। সমাজ সংস্কারগী থবক্তা লোইনা-লোইননা শাসন তৌরিবা কাংবুগা য়েংনা য়েংনা লাক্তুনা রাজনৈতিক্কী থবক পাইখৎপা তারকলে। ঈশ্বরগী লীলা হায়বসি অঙকপনি। নংগী নথৌ লোইরমগ্রি হায়বগী মতাগুম মনিপুরদা অকনবা কলেরা ইপিদমিক অমা থোক্লে। মতম অতুগী ইপিদমিক্কি তগ্লগা; মতম অসিগী মীওইনদি থাজবিরোই। থা ১/২ চুপ্পা মথং মথং থুন থুন চৎথৈ। লম্বী অসি, মী চঙ্কৎ হন্দা চৎথোক চৎশিন তৌদবা ময়মদগী, তিংথৌনা পুমকুপ কুপই। মী চৎপগী থুনাম ফাওবা তাদবা থেংনৈ। সার্ভিস তৌররোই হায়না চৎখ্রিবা নিপা অদো ঈশ্বরনা অমুক হল্লকখো হায়বগুম থোকহল্লে। ডাক্তরগী মবুকচেলনা মাতুদা খাংবা ঙমদ্রে। সার্ভিসদা তলব লৌদনা চংলে। মতম অতুগী মনিপুরগী সিভিল সার্জন

কেপটেন নিল. আই, এম, এস,গী মত — My dear Dr. Lairen Singh, I desire to record my great appreciation for your excellent works during the Cholera Epidemic. Your public spiritedness in Volunteering your service without any remuneration is worthy of great praise and recognition. I thank you for your help to me end to my staff 6.10 35. ইপিদমিক মেমথ্রে। ডাক্তবগী কলেরা দিউটী লোইবে। হান্নগী মানা পানজবা খবক্তা অমুক চংলে। নকরি চাকরিগী সম্বন্ধ পুন্ননক পুমথা থাদোব থ্র।

ওইরমইবা সমাজগী ফীবম অহু উবদা অহান্নদা পাইখংকদবা থবক অসি, লাইবিক লাইস্নু হৈহনবা নত্তুনা অতৈ উপায় উদে। ফীবম লৈরমইবনা হাইক্লদা অমতং সার জাষ্টোন সাহেবনা লিংখৎ-পিরম্বা অসিমগা ষ্টেট গভর্ণমেণ্টকী ইউ, পি, স্কুল অনি অহুম অহুগা লোয়ার প্রাইমেরি স্কুল কয়ামরুম অসিগতা নৈরবমই। চহিদা ইউ, পিদগী পাস তৌবকপা অঙাং য়াম্খৈতা হায়স্কুলদা মিং চনফম পি। অততদি লাইবিক তম্ফম ফংদহনা অরেম্বদা মাংনরমই। মহু উবদা ডাঃ লৈরেন সিংহনা মথরাই য়াঙবা থবক অহু পামজবা ইবুংঙো ইবেম্ম খরগা তিন্নহনা মনিপুর ইনষ্টিট্যুশন কৌবা হায়স্কুল অমা লিংখৎলি। নফমদি ইম্ফাল সহরগী য়াহেংবম লৈকাই কৌবা অহুদনি। য়াম্না য়ানা বেরাশরা থাংনা কলিকাতা ইউনিভর্সিতিগী এফিলেশন ফংখি। মরমদি নেতিভ ষ্টেট ওইবা মরম্না শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোগী অমস্তুং পোলিতিকেল এজেন্তগী মত

য়াওদবা যাদে। রাবি অসি শাংনা ইকতনা কান্নদে। মনিপুর ষ্টেট দরবার প্রেসিদেন্ট ওইরিবম্বা লেফটেনেন্ট সি, দবিউ, এল এম. সি হারভে, এম. সি, আই এগী মত অসি পারগা মশা মশানা নিচাব তৌগনি মাগী মত — I have seen a good deal of Dr. Lairen Singh while I have been in Manipur and have much admired his public spirit. He has an independent lookout in life and is not afraid to adhere to his opinions.

He is mainly responsible for erecting the Manipur Institution, which he achieved in the face of much official obstruction and after much criticism and has been its secretary since it commenced. I have found him a most pleasant and broad minded colleague in that school committee and knew that he works very hard indeed to further the school's interests I am very sorry to have to sever our connection 30.1.33.

অঙাংশিংগী অবাবা লোকে। প্রাইভেট এল পি, নবাং কাইনা; লরাই. লরাই নৈকাই নৈকাইদা লিংখৎনরক্লে। মতংগী মতুং ইন্না স্কুল অসি মহারাজ ইবুঙো সার চূড়াচান্দ সিংহগী মিংদা ওন্থোক্লুনা মরা চেংহনখে।

মসিগা লোইনা লোইননা শাসনগী মনম প্রজাশিংদা তাহন্বা চুমই হায়না লেপ্পুনা অথরিতিদগী য়াম্না রাইচিম্না হুকুম লোরগা রেজিষ্ট্রী তৌদুনা য়াকাইরোল প্রেস হায়না মমিং থোন্দুনা ছাপাখানা অমগা য়াকাইরোল কৌবা থাগী চেকোং অমগা, ডাক্তর লৈরেন

সিংহ মশামক্না ইদিটর ওইহুনা ষ্টেটকী শাসনগা মাইয়োক্নরে। মসিগী মরমদা মতম অহুগী পোলিতিকেল এজেণ্ট মিষ্টর জে, সি, হিগিনস আই. সি, এস. সি, বি, ই,গী রিমার্ক পাবগা নৈনদ্রবদি মপুং ফারোই। মপুং ফাবা নোর্ততি কনফিদেন্সিএল ফাইল হাংদোক্লবদি খংবা ঙয়রোই। নোর্তশিং অহু পন্নিক্না শাবা যাবা মতৎ পিরক্লবা কালদা খংবা ঙমগনি। Dr. Ningthou jam Lair n Singh is a quali(ied doctor, who has a private practice in Imphal. He served with credit in the kuki Rebellion and I can Vouch for the fact thit he showed courage in attending the wounded under fire. He is a man of public spirit who has an interest in education and chiefly responsible for the starting of the Manipur Institution High School. He was the first to start a magazine published in Manipuri. He was interested in the starting of the public labrary. In every way he has his best for the public of Manipur. 22.2 33.

মীয়ামগী লাইরিক পাফম দরকার ওই হায়বসিগী রাখলদগী চিত্রঙ্গদা পবলিক লাইব্রেরী হায়বা অমা লিংখৎলি। হৌজিকী পঞ্জাবী গুরুদ্বার ওইরিবশিদা বিলদিং শাহুনা চংথরমই। চহী ২/৩ চংথবক্লবা মতুংদা মরম কয়াদগী তোকখরে। দবলিউ পেতিগ্র কৌবা আমেরিকান বেপতিশ মিশনগী পাদ্রি সাহেবকী মত মহাক অদিনা, মনিপুরগী ইহান হানবা নিম্ন প্রাইমেরী স্কুল লিংখৎখি। মাহু ঙসি শিংজমৈ নং ১ পেতিগ্রু স্কুল কৌনরিবা

অসিনি। I tkank you (Dr. Lairen Singh) for the June copy of Yakairol and also for the kind remarks about the beginning of education in Manipur. A lot more could be written about those early days espicially about the preparation of Text Books, for the lower primary school as well as for the middle school, now Johnstone High School in Imphal. And the spelling .... .... .

I wish you all success in your endeavour to dispel ignorance to open up darkened minds and let in the light of progress. Manipur, to my mind, is one of the lovely spots of the earth and I have grown to love it after nearly forty years residence. But the people of Hills and in the Valley are backwards in many things and are unwilling to forget the things that are behind. In these days of progress and enlightenment manifested in most of the native states of India, Manipur should not lag behind. I am glad that you and others who are like minded are seeking and endeavouring to dispel this darkness and are endeavouring to make your people awake from this sleep of ignorance and superstition. It is refreshing to know that there are a company of men and perhaps women too following in the foot steps of reform in Manipur 17.6.32.

য়াকাইরোলগী শক্তি অসি কয়া কনখিবগে হায়বা নৈনফম মতাং—এসিষ্টাণ্ট প্রাইভেট সেক্রেটরী টু দি ভাইসরয় নিউ দিল্লি। ১৪-১-৩১ দি, ও, নং ৪১৪ জি এম Dear Sir, I am desired to acknowledge. with thanks the receipt of your letter dated the 7th January 1931. and a copy of the journal Yakairol, for the month of January forwarded here with.

ডাক্তর লৈরেল সিংহগী activity অসি মনিপুরগী রাংমা লাল্লক্লে। খৃঃ ১৯৩১গী এপ্রিলগী তাং ১১ অমসুং ১২দা ডিব্রুগরদা অল আসাম অহোম কনফরেন্স ফমখি। ডাক্তর অসি বার্ত্তোন ফংদুনা য়াওরুই। মনিপুরদগী অরিএণ্ট্যাল দান্স পার্টি অমা য়াওবা নহারোল কাংবু অমা শেমগৎতুনা পুবগা উৎলুই। কনফরেন্স অদুদা আসাম গভর্নর হিজ, ইক্সলেন্সি সার মাইকেল কীন চিফ গেষ্ট ওইবিখি। মীতিং অদুদা ডাক্তব লৈবেন সিংহসু রা ও ংজনবা মতম খরা ফংজখি। মাগী ভাষন অদুদা মনিপুর, আসাম অমসুং আগরতলা (তখেল) অহুম অসিগী কলিং ফেমিলি অসি কাংলুপ অমতদগী হৌরকপনি। মনিপুর অসি ঐখোয়না মীতৈ হায়রগা খংনৈ। আসামদি কাউথোকখিবমাল্লে, ঐখোয় মীতৈনদি মখোয় অসিবু তেখাও কৌই। আগরতলাবুনা তখেল কৌই। আগরতলাসু কাওথোকল্লে। ঐখোয় মীতৈদি কাওদ্রি। মীতৈ হাযবা রাহৈগী টাই নত্রগা তৈ, তেখাও তে অদুগা তখেলগী ত অসি টাই হায়রা রাহৈ খোল্লোক ওনখিবনি। টাই গ্রুপগী হৌরকপনি। মরম অসিদগী বংসা অহুম অসি মমাংঙৈদগী হৌনা

ঙসি ফাওবা চারো মৌরাংলানবক্তি, ঐংখোয মশেল হৌঘম তিন্নে অসিনচিংবা চাংতনা মুংশিনবগী থৌবি তওনবা হাংংদি হায়না হায়ংখি। সভানা তাবা মুংচাইবগী থুদং তঃইনা তোইনা পিখি। থাইলেণ্ডগী (Thailand) তিরুংকী রা বন্না নৈনখি অমসুংতি, হ সনগী ' The Maithili" হায়বা লাইনিক অতুদগী লোলগী কুনা রাকন বযা ডাংখি। কংফাবন্দ চাইবগী মীত অচোবা অমা থৌজনা ডাক্তর লৈরেন সিংহ। তকন ংণ্ডা হায়বা উপাধি অসি পিখি অমসুং জোরহাটকী অকাওবা সন্দৈক ফেমিলিনা ননল যম্রবা অমাবা অভিধান অমা ও ভন্ট তৌখি। থা খবগী নতুদা জো হাট গোলাখাট লোনগী পাঞ্জানা চননায়ক হায়বা উপাধি অসি পিখি। ডাক্তর অসিগী মবিদ কলিকাতাদগী ফোংবা ডাক্তর দীননাথ শর্মাগী আসামায়া মেগাজিন আবাহন অতুগা জোরহাটতগী ফোংবা নিলমনি ফুকন বি. এ.গী দেলি পেপর বাণবি কৌবা অতুদা নরাং কাইনা থা কয়া অর্টিকল ওইনা ফাংখি। মশেংচং অসিদা তেজপুরদগী ফোংবা বাহী কৌবা মেগাজিনগী ইডিটর ডিব্রুগড়গী The times of Assam গী ইডিটরনচিংবগা উনতুনা অকবা বান্নবা রা কয়া তাবা ফখি। আসামগী ইতান হায়বা চেনি শিবসাগরদগী ফোংবা ' অবনোদয়' হায়বা অতুনি হায়বনচিংবা রা কয়া তাবা ফংখি।

য়াকাইরোনগী শক্তি অসিগা শাসনগা অকনবা লম্বা তৌরক্লে শাসনগী মতাং চানা-চানা প্রজাগী যানিংশবা কন্না মত পিরক্লে। সাধারনগী প্রজা নত্তবা, শাসনগা মরি লৈনবা অচৌ-অশাং মীওই-শিংনা বদনাম তৌবা হৌরক্লে। চে অসি য়াকাই রাল কৌবা

নিং চানদে, ৱাকাইতা মঙাংই অদুনা ৱাকাইরোল কৌফম থোকই, ৱাকাইশুরগা করি কানৈ অসিনচিংবা ঙাংদুনা ৱারেম তাহনগদবগী লাকনৈ। ৱাকম অদুদগী আসামগী স্বর্গীয় উপেন্দ্র বরুৱাগী A glimpse of Assam Historyদা ৱাকাইরোল(Wakairol) হায়না নোট লৈরিবদুনি।

পোৎথাং বেগারনচিংবা চৌংদা পীবমইবা অনিগী মরিদা ইদুনা আন্দোলন তৌরকপদা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট সি জিমসন আই, সি, এস,না ডাক্তর লৈবেন সিংহবু কৌদুনা হাই — মসিদা নং চুমদবনি হায়না লোগন্না। তম্পাক্কী মীনা লমগী খজানা মতিক চানা পুদুনা, শাসনগী অরুঋা পুম্বা পুরি। চৌংমীদা যুমথোংদা লুপা ২ খাজানা থিংল্লগা, মনিং তৌনা লম শিজিন্নবনি। মখোয়গী মঙং অবস্থা অসিদা খজানা য়াম্না পুবসু ঙমদে। লুপা ২ অসিগীদমক্তা তম্পাক্তা লাক্তুনা থবক শুদুনা তাল্লিবনি। অদুনা শেলদা অৱাবা পিবগী মতুত্তা, থবকলোমদা লৌখৎপনি। মসিনা মখোয়দা থুদোংচাবা শেল্লি। চৌংমী অমদা চহি অমদা পোৎথাং বেগাব অমুক ফাওবা তাদে। তঙাই ফদ্রবা মতমদা চহি ২/৪ গী মনুংদা অমুক্তং তাবনি। শেল থুম লৈদুনা ফিবম ফগৎলবা মতমদা অদুম কজখিগনি হায়না এদভাইস পিবিখি। ডাক্তরনসু মখোয়গী অবস্থা ফনবা হোৎনবিয়্ম হায়রগা ৱাফম অদো লোইশিনখি। অস্মম তৌনা লৈবাক্কী সেবা তৌখি। মসিগী মরমদা থোওনা শাংনা ইজনিংদে চে অসি পাবদা মুংঙাইতবা পোকপা কাংবুনা ফোংলকপা হেক থেংনবদা লোরগা, মখোংনা শুক-শুরু নোইথৎপসু য়াওখি। খোমদুনা মৈ থাবসু উখি। অদুগা চে

অসিনা লৈবাক্কী অমস্তুং সমাজগী সেবা তৌরমদে হায়না খল্লবদি চুমদবা ওইগনি।

ডাক্তর অসিগী মতম্তা ইংলিশম্যানশিং অসিবু য়াম্না ইকাই খুম্নবা উৎখি। মহাক্না হায় — জাতি অসি মীগী মরক্তা নিপা হাইবহৈনি। লখা অচৌবা মী ওইরবস্তু মানা তৌরিবা অহুদা অরাম্বা য়াওরবদি মাহু পুথোক্কুনা উৎপদা মচিন্না হোই হায়রুনা য়াদ্রবস্তু মবুক মম্নুংদা চুমই হায়না লৌই অমস্তুং উৎলরিবা মী অহুগী মফমদা ইকাইবা খংবগী থূদম উৎলি। ভারতকী নেতিভশিংদি ওম্ন তৈননা শাওই অমস্তুং লমন খুমগদৌবগী লাক্লে।

ইষ্টাবন বেঙ্গল অমস্তুং আসামগী মম্নুংদা মতম অহুগী রাখল মান্নবা মীওই অয়াম্বনা ডাক্তর অসিবু অমুক্কী মতিক পামজখি। মনিপুরদা লাক্লগা ডাক্তর উনরমদ্রবদি মনিপুর য়েংবগী মপুং ফাদে হায়না শন্দোকই। ভাবত্তা মহাত্মা গান্ধিনা লুচিংহুনা ব্রিটীশকী মথুত্তগী ভারতকী শাসন, প্রজাগী মথুংতা লাক্লবা হোৎনরমই, মনিপুরদা ডাক্তর লৈরেন সিংহনা লুচিংহুনা মনিপুর মহারাজাগী মথুত্তগী প্রজাগী মথুত্তা তানবা লাক্লখি। আসাম, বেঙ্গলগী মীওইশিং অহুনা ডাক্তর লৈরেন সিংহবু মনিপুর গান্ধী হায়না থোল্লি।

ইন্সুরেন্সগী কান্নবা রা কয়া পুথোক্কুনা প্রজাবু ইন্সুরেন্স তৌবা পামহল্লি। মনিপুরদা ইন্সুরেন্স কোম্পানী অমা দি মনিপুর ইন্সুরেন্স কোম্পান কৌহুনা লিংখৎলি। নুতন বজারদা হেড অফিস ওইখি। মীওই খরনা থবক অহু মতম খরা চৎখরক্লবা মতুংদা পোলিটিকেল এজেন্টদা মাগী হিসাব কনানা য়েংগনি।

মসি চেক তৌনবা ষ্টাফ লৈতে হায়না হায়জিন্দুনা থিংখি। অয়াওবা মীওইশিংগী শেল হন্দোকখি। \মনিপুর মটর এসোসিএশন ( M.M.A. ) অসিগী অর্গেনাইজেশন তৌংগী অহানবা জেনেরেল মিতিংগী সভাপতি ওইবা ফংজখি।

তক্ফাস্না গারলস হায়স্কুল লিংখৎপদা লৌযম থোকপা লৌহুন' নোমখি। রাজা চুমত্র সিংহ হায়স্কুল লিংখৎপদা স্কুল কমিতিগী প্রেসিদেণ্ট ওইহুনা, স্কুল এফিলেশন ফংবা মতুং ফাওবা য়াওরমই। কলেজ অমা লি'খৎপগী রাখল অসি মহাক্কী রাখলদা চ'ংখি। মনিপুর কলেজ হায়না মমিং থোন্দুনা. ভদ্রলোক কয়ামকম্না কলেজগবর্নিং বোর্দি শেমহুনা মতম অহুগী মহারাজ দরবারগী প্রেসিদেণ্ট মিষ্টর হার্ভিনা (Harvey) বোদিগী প্রেসিদেণ্ট ওইবিহুনা কলেজ অমা লিংখৎলি। কাক'কথেলগী চেক শাবিবা লম্প্যাক অহুদা কলেজ বিলডিং ওইবা হায়না লেপ্পহুনা, কলিকাতা ইউনিভর্সিতিগী পার্মিশন অমস্থুং এফিলেশনগীদমক দরখাষ্ট থাই। মতম অহুদা গৌহাতি ইউনিভর্সিতি লিংখৎত্রি। ইউনিভর্সিতনা ইন্সপেক্তর থারক্তুনা মরম পুম্নমক য়েংবিখি, অমস্থুং মতম চাদনা মিষ্টর হার্ভি ট্রান্সফর তৌখিবা অহুগা বোদিগী মস্থুংদা মত থরা খেন্নরবপগী ডাক্তর লৈরেন সিংহ বোডিদগী রিজাইন তৌরক্লে। মথ দা মতম থরগী মতুংদা কলেজগী থবকস্থু লেপখ্রে। জয় ওইবা ঙমখিদে। পব্লিক অমা ওইনা, ভারত গভর্নমেন্তকী মনিপুরদা লৈবা, লেপ্রোসি; তি, বি, অমস্থুং রেড ক্রোশগী ব্রাঞ্চ অর্গেনাইজেশন কম্মিতিগী মেম্বর ওইখি। সার্ভিসদা লৈত্রবা মতম অহুদা

ময়াম্বুং ইবুংঙো বর সেনাপতি বাজা তুনত্র সিংহ, কন্না নাবে। মওং অতুদা কনাগুম্বা ষ্টেটকী ডাক্তর অমত্তনা কলিকাতা তান্না লাইয়েংনবা, পুন্থনা লোইনবা কিনবে। ডাক্তর ফংদ্রে। লৈরেন সিংহনা ভলন্টিয়ার ওইনা চোংথোক্কনা থিল্লই থা খবা কলিকতাদা লৈহনা মতম অতুগী কলিকতাগী অফাওবা ডাক্তর কয়া উজবা ফংখি।

স্পোর্টকী মরমদা ডাক্তর অসিনা টবনদবা তৌরমদে। য়াকাইরোল হোকা কপ কৌহনা, কপ অমা ডাক্তব লৈরেন সিংহনা খৌবাং তৌহনা পুথোরগা, মতম অতুদা লৈবগা বাঙ্গালী ভদ্রলোক নবেন কর হায়বহুবু ফুট বল কপ অমা পুথোকহন্দনা বন্নি কপ ওইরগা টোনামেন্ত শানবা, হৌজিক্কী মনিপুব রাইফলসকা গ্রাউণ্ড অসিদা শান্নবা হৌখি। চহি খুদিগী চাং নাইনা শান্নখৎলক্লে। স্পোর্স কমিটি লৈবে অকোবদা চুডাচান্দ শায়লনা খোইহনা লোখিবদগী, চহি অতুদা পৃথিবীগী লাঞ্চাউ ( world war ) থোবক্কনা কাহত্রে। কপ মফম মবাং খংখিদ্রে। চুডাচান্দ স্কুল বিলদিং অসি সিফাইগী থবক্তা শিজন্নশিবা মবমদগী পোৎ চৈ মফম মবাং খংখিদহুন টোনামেন্ত লেপখি।

লাল অসিগী মমাংদা মহারাজ চুডাচান্দ সিংহ নাক্তাত্রে। মজা ইবুংঙো বুধচন্দ্র সিংহনা মনিপুরগী মহারাজ গাদি ফংলে। মহারাজ ইবুংঙো অসিগী স্নাহাক্তক অসিদি, লাঞ্চাউগী মতম ওইবনা থবক পুম্নমক লেপত্রে। ইম্ফাল সহর, খরাই য়াইস্কুল, খুরাই, য়াংথৈ অমম্সুং বজার অপুম্বগী নী ময়ুম থাদোক্কনা লাল চেন্নত্রে।

১৯৪২ ইংদা ইম্ফালদা বোম থাদৈ। অহাংবা যুম পুন্নমক মিলি-টারিনা দখল ( occupy ) তৌখরে। ইম্ফালদা য়েরুবগী বোম থাদরে। মনিপুরদা অকন্বা লানফম ওইরবে। মনিপুরগী প্রজানা পৃথিবীগী তোঙাল-তোঙালবা মীশক মীওই কয়া উবা ফংখি। খুৎলাই জাং কয়া, ইঞ্জিন মওং কয়া, থবক খুৎশুম্ মওং মওং উবা ফংজখি। চিঞ্জাক মওং কয়া-কয়া চাখি। ইত্তুনা লোইবা ওম্বা নত্তে। মনিপুর ফাওবক্তুনা ব্রহ্মাদগী ভারতবাসী কয়া রিফিউজি ওইনা লাকপদা অরাবা কংখিবা ইরুত্নুনা কান্নদে। কিজেৎ চাকচা মওং তোঙান তোঙান্বা উখি। প্রজাগী অরাবস্ত হায়নিংঙাই লৈতে। অমরোমদনা পৃথিবী কোইত্নুনা য়েংউবগী হদোং চাবত্ত মনিপুরদা প্রজানা ফংখি। মতমগী মতুং ইন্না লাল লোইরে। জাপান্না লাল লোইশিন্নবা মওং প্রস্টাব তৌরে। সিফাই অপুন্বা হনখরে। মনিপুর প্রজা মযুম মযুম চংনরে। লৈবাক্তা শান্টি অমুক লৈরবে।

ডাক্তর সিংহগী থবক অমুক হৌগৎলকলে। বুধচন্দ্র সিংহ মহারাজগা য়ানত্নুনা প্রজাগী শাসন ওইবা, বিলাটকী পার্লিমেন্টকী মওংদা শাসনগী কনষ্টিটুশন শেম্নবা স্না য়াথং ১৯৪৭ ইংদ পিবিরে। স্না য়াথং মতুং ইন্না কনষ্টিটুশন মেকিং বোডি অমা মতম অত্তুগী ষ্টেট দরবারগী লমজিংদা ইলেকশন তৌরে। চৌং ওম অনিমক্কী মফমদা ইলেকশন তৌই। ডাক্তর লৈরেন সিংহ ইলেকশন অত্তুদা কাবা ( Return ) ওমখি। কনষ্টিটুশন শেম্লে। জেনেরেল ইলেক্সনগী থবক পাইখৎলে। ডাক্তর লৈরেন সিংহস্ত খুদাই কনস্টিটুশনদগী কাখি ( Return তৌখি ) ইলেকটেদ মেম্বরগী মরক্তগী মিনিষ্টর ওফ কাউন্সিলদা

কাবক্তুনা মিনিষ্টর ওইবে। পি. ডব্লিউ. ডি, অমস্তুং এডুকেশন ডিপার্টমেন্ট পাইরম্বে। ডাক্তবগী পুন্সিগী অনৌবা য়াথল মতোন লোয়্রে। মহক্না প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌজনিংবতস্ম পুরিব। ডিপার্টমেন্ট অনি অতুগী থবক্তা মরাং কাইনা তৌবা য়ারে। মমাংদৈদা ডাক্তর অসিনা নহা ওইনা রাজনৈতিকী থবক চংবা অমস্তুং মনিপুরদা এডুকেশন পাক চাউনা পিগদৌবগী লাক্সরকপা উবদা স্বর্গীয় সার চূড়াচান্দ সিংহনা ডাক্তরবু কৌরগা, করি নিংহুনা তৌরিবনো তাকউ হায়না স্না য়াথং তাকপি। ডাক্তরনা হঙ্গংলি শ্রীযুৎকী স্না লৈবাক অসিদা লাইরিক হৈবা মীশিং ইয়াও য়াওদে। মতম অসিগা চান্নগদৌবদি লরাই থৌরাই থাক্তনা যুম য়ুম থুদিংদা বি, এ, অমমম লৈরগত্তদা চানগনি হায়না হঙ্গংখি।

ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী থবক্তা, মৈতৈলোনগী টেক্সবুক মরাং কাইনা লৈরমদবা অতু মরাং কাইনা ছাপা নমহল্লুনা তোংনবদা জয় ওইখি। হায়স্কুলগী ছাত্র মরাং কাইনা শেমগৎনবা ইউ পি অপুস্বা এম, ই ওয়ে। প্রাইভেট হায়স্কুল কয়া গভর্নমেন্টকী ওইনা লৌশিল্লে থরদি পামদে হায়তুনা লৈহৌবস্ম য়াওই। গ্রান্ত পিতুনা এল পি অয়াম্বা মতম অমদা গভর্নমেন্তকী ওইরকপদা থুদোং চানবা পুখংলি। ধনমঞ্জুরী কলেজ বিলদিং যাত্রা হুল্লি। যুম শানবা ঠিকা পীথোক্তুনা শাবা হৌগংলি। কৌজিক কলেজ মমাংদা চংলিবা ডিমাপুর লাইনগী নোংপোক অতু লম্মাং ওইনা লৈরমই। মতুদা বটানিকেল গার্ডেন শেম্বা হৌগংখি। মিনিষ্টর ওইবা তোকপনা হাপ্সিনক্তুনা জয় ওইখিদে। মনিপুর অম্পাক

ইম্ফাল অসি তোইনা তোইনা চহি খুদিংগী নোংজু থাদা ইম্ফাল তুরেল লৌনম্বাল কাইহনা থুম্বা অহু কন্নবা য়াখল তৌরকই। ইম্ফাল তুরেল অসিদি অপিকপনি অচৌবা তুরেলদি ইরিলনি। নোংজু থাদা ইরিলনা ঈশিং চাওবা হনব্রবদি ইম্ফাল তুরেলগী ইচেল অসি, লিলোংদা থিংখিহনা অয়াংলোমদা চেনখৎলকই মহুগী তাঙ্গা অহুত্তদা ইম্ফাল তুরেলগী লৌনম্বাল কাই। অহুগা নিয়ম ওইনা কুম খুদিংগী ক্ষিয়ামগৈ লৌনম্বাল কাইবদি চহি খুদিংগী তোক্কে। মরম অদুনা ইরিল তুরেলগী ইচেল অসি পুখাও কৌবা খুলগী মথক্তা য়াম্না থুবা খোংজাই থাবীদা থিংলগা কন্ট্রোল তৌনবা স্কিম পাইখৎলি। পন মথক্তা মৌখৎলিব। ঈশিং অহুদগী তৌনিংবা থবক কয়া পাংথোকপা য়াই। মতম কুইনা শাসন্দা য়াওখিদবদগী পাংথোকপা ঙমখিদে।

য়াংজি তুরেল, লৌনম্বাল থদত্তুনা শেরাম্না চেল্লম্বহু. থিংজিলহুনা মশাগী অচুম্বা ঈচেলদা চেলহনখি। কৈবুলমজাও ফাওহুনা থাঙ য়ৌনবা লম্বী শেম্বা হৌগৎখি। হিয়াংথাংদগী নম্বোল তাবা লম্বী শেম্বা হৌই। অন্দ্রো তাবা লম্বা শেম্বা হৌগংলি। ইরিল তুরেল লৌনম্বাল নাকল অনিমক য়াংনা থোনখি। নাকল অনিমকী লৌ-শিবা কোকখি। ইম্ফাল তুরেল লৌনম্বাল নাকল অনিমক য়াংহনখি। নম্বোল তুরেল শেরাম্ননা চেল্লম্বহু মরিল চুমহন্দুনা লোকাক তাহল্লি। লৌ শিবা অয়াম্বা কোকখি। মেহুথোং মোইরাং কম্পু থোং শারমই। পুখাও থোং অমম্ভং কোইরেংঙ্গ থোংগী স্কিম পুখৎলমই। ব্রিটিস গভর্ণমেণ্টকী

ইন্টরনেশনেল লম্বী নত্তুনা অতৈদি চেকনুং থারমদে। পি, ডব্লিউ, দি. মিনিষ্টর অসিনা মনিপুরগী ষ্টেটকী লম্বী অসি মাইল ৩/৩ হৌগৎলগা চচি থূদিংগী হেনগৎনবা থোরাং তৌখি। থোবালদগী য়াইরিপোক তাবা লম্বী অসি থোবাল কৈথেল ফাওদুনা খল্লক শগদুনা য়াম্না মুডাইতনা চৎলমই। মিনিষ্টর অসিনা লম্বী অসি পুথোক্তুনা চিংয়াদা পুথোক্তুনা শেম্নগা মুংঙাইনা চৎহনখি।

মতম অসিদা মনিপুর ষ্টেটকী ভাগ্য বিধাতাগী মওং অমা তৌরক্লে। মনিপুর অসিবু পুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিবা আসাম গভর্নর সায় আকবর হাইদার আল্লি মনিপুরদা লাক্লমই। ইখং খংহৌদনা হাইখোংদা নোঙ্গাঙ্গ্রে। মহাক্কী অশিবা হকচাং অত্ত কংলাগী এবিযাদা লোইশিল্লি। মহাক নোঙ্গাখিবা মতুংদগী ভারত শাসন পুরিবা কংগ্রেশ গভর্নমেন্টকী মিৎয়েং মনিপুর লোমদা য়েংশিল্লক্লে। মশাগী ওইজবা তানবা মী ওই খরনা নচিংদুনা খাদাং চাবা ফংগনি খন্দুনা ভারতদা পুমতিন তিল্লশি, নিংগৌ লোৎখাক্লশি হায়না অন্দোলন তৌনবা মী খোমলক্লে। শেন গুম মরাং কাইনা ফংগনি। চুম্না ভারত্তা তিনবগী হাক্তাদা নত্তুনা অসামগী মখাদম্মু লৈনিংদে। দিল্লিদা তিঙ্গাগে, প্রেসিদেন্টকী শাসন চলাইবীবু হায়না অন্দোলন তৌরক্লে। ভারতকী কংগ্রেশ থেঙ্গ্ ঈশিংদা থাদখিবগুম হরাওজরে। মুনবগী মওংদি তাইন্দনা মনিপুর কংগ্রেশকা লৌতুনা মুনবগুম মহারাজ বুধচন্দ্র সিংহগী ম্না খুত্তুগী মনিপুরগী সাশন লৌরে। অমসুং মনিপুর ষ্টেট কৌদ্রে। মনিপুর টেরিটোরি কৌরে। কাউন্সিল এসেমব্লী মুথৎলে। টেরিটোরি শাসন অত্ত আন্দোলনগী নেতাশিংদা পিতুনা চলাইহল্লে। ডাক্তর লৈরেন

সিংহনা মিনিষ্টর তোক্লবা মতুংদা কাবল চৎনখিবা রাকম পুম্নমক অসি, পোইন্ট অমতা চিৎথদনা. মতম অদুদা লৈরম্বা মুমীৎ খুদিংগী চেফোং শগোলবন্দদগী ফোংবা ভগ্যবতী কৌবা পত্রিকা অদুদা পাউমেল হায়না হেদিং পিরগা থা অমা হেন্না মুমিৎ খুদিংগী পোইন্তু মথংশিংনা পিরগা ফোংখি। মদুদা মেতা খরনা পোইন্তু পিত্নুনা প্রতিবাদ তৌবদি তৌদনা. ডাক্তর লৈরেন সিংহ পুকচেল. লোক্তাক্তা ফুমদি তাওখৎপাগুম তা৫খৎলে হায়না ইরকই। ডাক্তর সিংহনা ইখি - পেমা য়েলহৌ ঋবী তুংগী পোলোই য়েংনশি হায়না ইবম্লগা. রাজনৈতিক্তা থবক্তগী হন্দোক্তুনা পোখখি। মতুংদা অনা লা.য়ংবা নত্তনা অতৈ থবক অমত্তা তৌখিদে।

বুধচন্দ্র সিংহ মহারাজ নোক্সাখ্রে। ডাক্তরগী থবক্সু লোইশিনখ্রে।

মথংদা পুন্সি খোংচৎ হোংলক্রে। গুরুশিংগী মফমদা লাইবক ফবা মরম্না, ঈশ্বরগী নোংদম কয়াদগী বেদান্ত উপনিষদ তম্নবা থৃদোং চাবা পিররে। খৃঃ ১৯৬৮ ইংগী ডিসেম্বর থাগী তাং ১৬ নিংথৌকাবা মুমিৎতা ডাক্তরবু পোকপী মমা নিংথৌজম ওংবী লাইরেম্নাকপম নিঙোল লৈবাকলৈমা দেবী নোক্সাখ্রে। মহাবক্য হায়বদি the words which contain the essence of the wisdom of the vedas খেংনজনুনা, ঈশ্বরগীকৃপাগী (গুরুগী কৃপাগী) মঙাল কংবগুম হারাওজবে। মহাবক্যশিং অদুদি-ছা .দোগৎ উপনিষদকী (৬,৮,৭.) তত্বমসি ( Thou art that ); ব্রহদারনা উপনিষদকী (২,৫,১৯) অয়মাত্মা ব্রহ্ম (This shelf is Brahma

ঐতরীয় উপনিষদকী (৫,৩) প্রজ্ঞানম ব্রহ্ম (This projna is brahma ); ব্রহদারন্য উপনিষদকী (১, ৪, ১০) অহং ব্রহ্মস্মি ( I am the Brahma ) অসিনি। মহাবাক্য মরি অসিগী মরমদা গুরুদেবনা বৃপা তৌবিদুনা মবুকনিংদা তপাম্বা ফাও-হান্ন থা ভারতকী তিরুভেনম লাইগী অরুনাচল কোবা আশ্রমগী জ্ঞানী (sage) ভগবান শ্রীরমন মহর্ষিবু ডাক্তর মমানা মাগী শর্কনি ছাইনা লেপচবদুনা মাগী শিষ্য ওইনা চংদরে ( Self styled disciple ) গুরুদেবগী ফোটো অমা শেমগৎচবগা মনাক্তা থমদুনা গুরুনা তাকপিবা লম্বি ইন্দুনা মহাযোগ (বিচারমার্গ) হায়বদি who am I ? সাধন তৌখি। আশ্রম মরিগী য়াংমদা লৈবা অতি আশ্রম চংদরে হায়না লেপচখি। আশ্রম অসিদা গুরুদেব, রাম দব, বিদুরনচিংবা অমস্তুং ভগবান শ্রীশ্রীরমন মহর্ষিনচিংবা গুরু কয়ানা লমজিংবিসি। খৃঃ ১৯৭৮-১০-৫ দা লোক্লখি।

